# জননেতা ইরাবতকী

## শন্নপ্পা পুন্সী



জননেতা ইরাবত

# জননেতা ইরাবতকী শম্নপ্পা
# পুন্সী



খোমজিন লেংশিনবা
থোচোম বীর সিংহ

ঃ অফোংবা ঃ
ইরাবত মেমোরিয়েল লাইব্রেরি এণ্ড
ইনফোর্মেশন সেণ্টর, মনিপুর

অনম্বা ঃ
প্রোগ্রেস প্রিণ্টরস, মনিপুর
থংবাই লমলোং কৈথেল

মমল লুপা ৭/—

# জননেতা ইরাবতকী মরমদা খরদং

## ইরাবতনা অঙাং ওইরিবৈ

শোক ১৮৯৬, সেপ্তেম্বর তাং ৩০ দা পিশুমথোং ওইনাম লৈকাইদা হিজম ইরাবত পোকখি। মতাক্কা অপোকপগী মমিংনা হিজম ইবুঙোহল অমগ অপোকপীগী মমিংনা চোংথাম চনু থম্বাল-ছুম্বী দেবী কৌই। অর্থ অনং তারবা প্রজা মীয়ামগী লুচিংলক্কদবা নেতা আস অঙাং ওইরিবৈগী পুন্সিদা অরা-অনং কয়া নংলকখি। ইরাবতনা অঙাং য়াম্না ওইরিবৈদা অপোকপা সেখিদে।

অপোকপা লৈশিদবগা য়োকাপনবা লৈতদুনা ওইনাম লৈকায়দগী মতোমদা পোকচবা মচা পুচুনা ইরাবত পোকপীনা সোগাইজম লৈকায়দা লৈবা মনে ইবেম্মাগী মনাক্তা হোংদুনা লৈবা তাখি।

ইরাবত অঙাং ওইরিবৈদগী অফবা ছাত্র ওইরকই, শাস্ত্রদসু অফবা প্রেয়ব ওইখি। ওঝানা ছাত্র ফুবা অসি ইরাবতকী মতমগী স্কুল ওঝাশিংগী চংনবানি। নোংমা ইরাবতনা তমলিবা জোনষ্টোন স্কুলগী ওঝা অমনা মাগী ক্লাস মেট ১ য়াম্না শাধনা ফুরম্মী, ফুবদগী হেন্দোকতুনা খোংপাকনা ছাত্র অতুদা কাউরম্মী। ইরাবত আসংবা অত্যাচার অসি য়েংবা ঙমলমদে। থোদোক আসদা ইরাবতনা জোন-ষ্টোন স্কুলদা ষ্ট্রাইক চংথদুনা ছাত্র ফুবা তোকনবা দাবী তৌরম্মী। মসিনা ইরাবতকী অহানবা লালহোনি।

জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সভেন তমলবা মতুংদা ক্লাস এইটকী দমক ঢাকাদা ক্লাস নাইন ফাওবা তমলদুগা য়ুমগী অবস্থা হেন্না ফংচিল্লক্তবা, শোগংপিনিডাই লৈরক্লবা, অমরোমদা অপোকপনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মাগীনি হায়না অমত্তং লৈতবম্বা অপোবগী মনাক্তু নোঙ্গাখিবনা ইরাবত হন্না য়েংবদা কনামক্তা লৈতবা মী ওইবদগী ঢাকাদা লাইরিক তম্বা থাদোকপা তাখি। মসিনা ইরাবতকী লাইরিক তম্বগী থাক লোইশিনখ্রে।

লাইরিক্তা থল্লাই য়াঙজবম্বা ইরাবতনা লাইরদগী নমতুনা লাইরিক তম্বা তোকপা তাখিবা অসিদগীদি ইরাবতকী অনৌবা পুন্সি অমা অমুক হৌরকখি।

লাইরিক তম্বা তোক্লবা মতুংদা শেক ১৯১৫ দা ইরাবতনা ত্রিপুরাদা চৎতুনা মতম খরা লৈখি। ত্রিপুরাদা মতম খরা লেল্লগা মনিপুরদা থোক্লকপদদি লৈফম লৈতদুনা রাংথৈ নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈবা শ্রীমাইবম শমদেনগী য়ুমদা লৈখি।

ইরাবতকী মরক্কী পুন্সি ঃ হৌজিক ইরাবত মপুং ফাবা মী অমা ওইরে। মহাক্কী পাথং ওইরিবগী পুন্সিদি - লাইরিক ইবা, শান্নবা, দ্রামা য়াওবা, ঈশৈ শৈবা অমা ওইনা চংশিল্লকখি। মহাক্না ইবা "শৈদম শৈরেং" কৌবা লাইরিক অদু সরকারনা ক্লাস সভেনগী টেক্স বুক ওইনা কৌশিন্দুনা তমনখি।

মনিপুর দ্রামাটিক ইউনিয়নগী ফাউন্দর ওইখিরম্মী। অতুগা লোয়নননা মহাক মশামক অফবা আর্টিষ্ট ১ ওইনা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী

ড্রামা কয়াদা শক্তক যাখি। মহাক্কী অশেংবা ৱাখল অসি অহানব-মক্তদগী ফোংদোকখিবদি, পাখং ওইরিবৈদগী মানা য়াওরকপা মানা পুথোকখিবা এম: ডি: ইউ: গী সিম্বোল লাংঙ্গাল কারন অসিগা মাগী পুন্সিদ পুখংখিবা লৌমীগী থবক অসিগা চানবা উংপনি। অমুম্মা ইবাসত মনিপুরদা হিরম খুদিংদা থংনবা মীশক ১ ওইনা ফাওরক্রে। শোক ১৯১২ দগীদি মহাক রাজনিতিগী ইথিন চংবা হৌরক্রে মহুগী খুদমদি মনিপুরদা ছাপা খানা অসি উগী ছাপা খানা তৌরিবৈদা ফোংখিবা অহানবা মেগাজিন "মৈতৈ চনু" গী ইডিটর ওইদুনা চে ফোং থোকপা হৌখি।

অসিগুম্বা মতম অদুগী, মীশক থংবা, মগুন লৈবা, মমিং চংপা মী অমা ওইরকপদগী চুরাচান্দ মহারাজগী ময়ামবুংতোন চন্দ্রহাসকী মজ্জা ইবেম্মা খোমদোনসনা থাজত্তুনা চাউনা লুহোংখি। বৃটিশনা পাল্লিবৈ ফিউডেল সমাজদা থম থেংবা নিংথৌনা শক্তি লৈরিবৈ, নিংথৌনা মী হাংপগী শক্তি ফাওবা লৈবা মতম ওইবনা নিংথৌনা ইবানতপু যেৌজনারী অমসুং দেৱানগী অচৌবা লোয়শং, পনচায়গী মেম্বর হাপখি। দরবার, চৈরাপ পনচাইগী মেম্বর ওইবা হায়বা অসি মতম অদুগী মনিপুরদা খ্বাইদগী চাওবা ফমানি। লৌচা পীগনি, মীনাই পীগনি, তঙ্গল ফংগনি, শেল চাথোক-চাশিন তৌগনি, মী ওংকনি, চাউগনি অসিনি।

অমরোমদা প্রজাগী মথক্তা অওং-অনৈ তৌবা অসিদি চপ চানা ফিউদেলিজম সমাজগী য়ক লাউবগী মতমনি। খুদমগী মশক

ওইনা রতন, ব্রহ্ম-সভা নিংথৌ হায়রদুনা ধর্ম্মগী মিংদা ওৎ-নৈবা থাক থাককী ক্ষম লৈ। অমাং-অশেং হায়বা অমা য়াম্না কন্না চৎথরম্মী। মী অমবু নং মাংলবা মীনি হায়রদুনা সমাজগী থবক্তা ময়ামগা তিন্ন-হন্দবগী হুকুম তৌই। মাংলিবা মী অদু শেল পীরগদি শেংদোকপা ভমই। মসিনা তাকপদি মীবু ওংনবা খুৎলাই পুথোকপগী ৱানি। রতন হায়বা ফমনাইবা অসিনা মাংহল্লগনা লুপা ৫০ পীরগা কোকপা য়াবা, ব্রহ্ম সভানা মাংহনবগী হুকুম কোক্লনবা লুপা ৮৫ পাই ১৩ নিংথৌগী অমাংবা হুকুম কোকননবনা লুপা ৫০০ না য়াগনি হায়রদুনা রেট অমা চপ চানা ককত্লুনা থমই।

মনিপুরদা লৈবা তম্পাকশী মীতৈ মাখ গোবিয়া লৈমইদ নম্ম চৎতবা য়াদে। ধর্ম্ম অসি লৌবগা লোয়ননা চন্দোন থিনগদনা। মতুগীদমক চন্দোন শেনথাই হায়দুনা পাচ আনা মতম অদুগী পৈশা ৮ না শাবা অন, মঙ্গা পীগদবনি।

নসি পীদ্রগনা মাংই হায়রদুনা ইনথোক্কনি। সরকারগী খাজনা থোৱা লাকপা অমসুং অচৌবা কুমলকপদা মী অদুগী চাকথাক পীগদবনি। মদুবু পিয়ন চাকথাক কৌই। দোলাইদা হাপত্লুনা খুন্থাং য়ৈদুনা থিনগনি, পোত্থাং বেগার পুহনগনি, দোলাইরেং ওই-হনগনি, খাজনা খোমলগা লৈবা মফমদা খুল শংগনি মদুবু য়ারেক সন্থি কৌই। থোং অমা লানবদা শেনথাই লৌগনি, উ অমতং কং-খোলদা হৌজবা তেরা খুদেং অমা য়োন্নবা পুৱদা মাশুন লৌগনি। লৌমীনা মাগী লৌবুক্তা ঙা ফাবা য়ারোই, লৌখোং-খোংবান মচা

**নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা— ইরাবতনা শেমলিবা দল**

কয়া অসি মুথংপা য়ানবা হৈ-শিংলবা মহারাজ চূরাচান্দনা প্রেসিদেন্ট ওইদুনা শোক ১৯৩৪ দা "নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা" হায়বা অমা লিংখৎলে। শ্রীইরাবতপু ভাইস প্রেসিদেন্ট হাপলে। মহারাজ চুরাচান্দগী তশেংবা পোলিসিদি মাগী মথাদ লৈবা দল অমদা য়াওহল্লগা, ইরাবতকী লালো নমথাগ তৌবা লৌশিংনি। ইরাবতনা লৌশিং অসিবু চপ চানা খংগি।

## মনিপুরদা খরাইদগী অহানবা রাজনৈতিক দল লিংলকপা শোক ১৯৩৮ গী চিংঙা সেসন

শোক ১৯৩৮ দা "নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা" গী ৪ শুবা কনফরেন্স চিংঙাদা ফংখি মনিপুরদা রাজনৈতিক দল লৈখিবা হৌবা অসি কনফরেন্স অসিদগীনি। কনফরেন্স অসিনা "নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা" মমিং ওনখ্রে। হিন্দু হায়বা ৱাহৈ অসি লৌথোকতুনা "নিখিল মনিপুরী মহাসভা" হায়না মমিং থোনখ্রে। অহানবগী মমিং অসিগা লোনা থোনবা মমিং অসিগা কয়াদা অর্থ লৈনা খেন্নহল্লিবা মাংনি ইরাবতকী ৱাখল সমাজ।

চিংঙা কনফরেন্স, মনিপুরী ইতিহাসতা অঙনবগী চাউনবা খোংথাং অমনি। মরমদি বৃটিশ সম্রাজবাদিনা, সিংথোবু শিজিন্নগা মীনায় ওইনা নমথদুনা থম্বা মতমনি। রাজনৈতিকী চেতনা লৈতবা, কাচিন অসিদা ইরাবতনা মনিপুরদগী বৃটীশ চংখীনবা ১দি পুর্ণদায়ীত শাসন লিংনবা রারেপ পাস তৌদুনা দাবী তকশিনখি। সবালক

ভোটনা মীযামগী মীহুৎ খনগদবনি। লাঙ্গোল শায়বনা লৌ মপু ওইগদবনি। কৃষক মজদুর রাজকারনা লৌমী শিল্পীগী শাসন শায়গদবনি হায়বা খোল্লাও লাওখি। বানি গাইডেলু থাদোক্কদবনি হায়বনচিংবা দাবী তৌখি। মহাক্কী ভাষনদা, দরবার মুথৎকদবনি, মীযামনা ভোটতা শক্লগা শাসন তৌগদবনি হায়খি। ওহুগা লোয়ননা দনগী নামাদা শেনখায় কয়া শাথারবা পালা লোয়নশং শেংহক, চ নদাল শেনখায় পাট অনা, দোলাইরেং, পোথাং বেগার, পিয়ন, আমিনগী চাংথাক, জল সম্বন্ধগী আইন, মাশুননচিংবগী মায়োক্কা ৱারেপ লৌখি।

কনফরেন্স অসিদা তাখিবা ৱারেপ পুম্নমক ষ্টেট দরবারদা দাবী ওইনা থাজনখ্রে। দরবারনা দাবী পীনবা খন্নবগী মতুংদা "নিখিল মনিপুরী মহাসভা" অসি রাজনৈতিক দল অমা ওইরে হায়না ৱারেপ লৌরে। রাজনৈতিক দল অমা ওইরবনিনা ষ্টেট সরকারগী কর্মচারি অনস্তা সভা অসিদা য়াওবা য়াদ্রোই হায়না বন্দ তৌরে। সভাদা য়াওরম্বা পুম্নমক দিসমিস তৌবা হুকুম থাকলে।

ইরাবতনা পঞ্চায় মেম্বর রিজাইন তৌবা— দরবারগী ৱারেপ অসি হেক ফংবগা, ইরাবত পঞ্চায় মেম্বর ঘমদগী মশানা তোকখি। ফম থাদোকপদা নত্তনা, পঞ্চায় মেম্বর ওইবগী লৌচা অত্তবা নত্তনা ইরাবতকা সহধর্ম্মিনিগী ফংজবা লৌচা পুম্নমক নিংথৌ-দা অমুক কংথোকখ্রে। নিংথৌগী মচা নুপী অমা ওইরগা লৈবাক্কী-দমক লাকপদা ফম অচৌবা থাদোকপা, মশাগী লৌচা থাদোকপদা

তু-চুংদবী সনা ইবেম্মা খোমদোনসনাগী ফংখোকপগী মতাং ১ম্মুং অয়াবা থাংবগী গুন অসিবুদি ঐখোয়না কাওবা য়ারোই।

"নিখিল মনিপুরী মহাসভা" দা য়াওরম্বা ষ্টেটকী কর্ম্মচারী পুম্নমক মহাসভা তোকখ্রে। অমরোমদা মহাসভা তোকপগী মহুত্তা, সরকারগী কর্ম্মচারিদগী মশানা রিজাইন তৌখিবদি মনি-পুরগী মসুংদা মীওই অনিদনি। অমনা শ্রীইরাবত অমনা লৌরুংশংগী ভুকরানি ওইরম্বা শ্রীএলাংবম তোমপোকনি। মরৈবাক নিংবগী অচুম্বা পরিক্ষা য়েংলকপদা নিপা অনি অাস মকোক থোংনা পাস তৌখ্রে। অতৈ পুম্নমক্কী মরৈবাক্কুগী মশানা হেল্লি হায়তুনা পরিক্ষা ফেল ওই-হোরে। মঙ্গাক্তিবু বীশ্বাশ ঘাটক তৌরে। অাসংঙ্গ্ন বীশ্বাশ ঘাটক কাংবু অদু অমুক্কা মতম ফরবা ভারতনা নিংতমলবা মতুংদা ইরা-বতপু চৈরখি। শ্রীএলাংবম তোমপোকপু মহাসভাগী জেনরেল সেক্রেটরি থনখ্রে।

## ভারত্তা নিংতম্বগী অন্দোলন চংশিল্লকপা

## মনিপুরদনা ইরাবতনা লমাজিংবা নিংতম্বগী অন্দোলন

মতম অদুদা ভারতকী মফম থুদিংদা ইন্দিয়ান নেসনেল কং-গ্রেসকী মথাদা ভারত্তগী বৃটিশ তানথোকখীনবা মখল মখা অয়াম্বা অন্দোলন পাক-চাওনা চংশিল্লক্লি। বীলাটি ফিরোন মৈ থাদোকপা, খাদি শেংপা হোরে, মনিপুরদনা ইরাবত অমস্মুং মাগী সংধর্ম্মিনি সনা ইবেম্মনা শেংলম্বা বীলাটি ফিরোন পুম্নমক চৈরাপ মমাংদা মৈ থাদোক্লগা বন্দে মাতরমগী শ্লোগান লাওখি। মুমিৎ অদুদগী

খাদিগী কী শিজিন্নবা হোৱে। মহাসভাগী কন্সি পুন্নমকসু খাদিগী কী শেংনবা হোৱে। বৃটিশ অমদি নিংথৌগী মথক্তা অকনবা ঈহৌ মনিপুরদা চংশিনবগী থৌৱাং লাক্লে। ইরাবতনা মতম অসিদা মনিপুরদা অন্দোলন পুথংপগী মহুত্তা মপ নসু চথে কচুনা ওর্গেনাইজ তৌবা হৌখি। মহাক্না ঢাকা, বর্মা, আসাম, ত্রিপুরা, কছারনচিংবদা কোইথোরম্মী। মকম অচুদা লেবা মীতৈ অমসুং অতৈ জাতি কয়াগী মরক্তা চংচুনা ঈহৌ শাগংপা হৌখি।

মরম অচুনা ইরাবততি মনিপুরদগী নেতা নত্তে, ভারতকীনি! মরম অসিদগীনি শোক ১৯৩৯দা অমানবা লুপী লাল হোবদ ইরাবতপু লমজিংখিনগীদমক টোলপ্র ... চুনা কৌথোকহনখিবা।

ইরাবত অমসুং লুপী লাল ১৯৩৯ শোক ১৯৩৯ দিসেম্বর থানি, মতম অসি ন্ডুম-ফৌ ... নবা মতমনি। অচুবু মোমোপোলিষ্ট কারবারলাশিংনা মনিপুরদগী চেং অক্তকপা অমদি ফৌ কা-ক্লেম থাদোকপগী ... মতম অসি চেং তঙ্কনবা মিলপু মনিপুরদা লৈবা তৌরে। মীনা কয়া অসিনা তকপা ফৌ পুন্নমক চেং ওন্নগা মনিপুর প্রজাদা য়োনবগী মহুত্ত, মপান্দা লৌনদোংগীদমক্তা অতেংপা লৈতনা থাদোক্লে। মনিপুর চানিতাই লৈরকতরে. চরা কেনবনা হা-হা কার লাউনরে। অবস্থা অসিদা হৌনবা হায়বা লৈতনা দিসেম্বর ১১ গী অয়ুক, খাইরমবন্দ চুকান মমাংদা, মপান্দা থাদোকখীনবা পরেং লেংচুনা থমজিবা চেং-ফৌনা থম্নবা

ন্তক গাড়ি ইমা-ইবেলশিংনা হৌরকতুনা থৎপদগী অন্দোলন চৎথৰা হৌখি। তৌইগুম্বগুং চেং থাবা লেপ্পগী থবক্তি তোকপা লৈতে।

নোংঙাল্লকপা দিসেম্বর ১২ গী অয়ুক্তা চরা হেৱবী নুপী মীয়াম্না হৌন-হায়নরুবা লৈতনা খ্বাইরমবন্দ বজারদা তিল্লে। মররারীশিংদা তাইনবা কারকপা ফৌ-গাড়ি, চেং গাড়ি পুন্নমক ইমা-ইবেম্না ফারে। মাইকৈ কয়াদগীসু ফৌ-চেং গাড়ি ফাদুনা পুখৎনরক্লে। অফাবা ফৌ চেং পুন্নমক ইন্ফাল থানাদা ইমা-ইবেলশিংনা পুখৎলে। ভাসগী দি হোর্দিং কেম্পেইনগী মতৌ শোক ১৯৩৯ দা মনিপুরগী ইমা-ইবেল-শিংনা চপ্প-চানা শেংনা পাংথোকখী। থানাদা অফাবা ফৌ-চেংগা লোয়ননা ইমা-ইবেল লিশিং লিশিংনা কোইশিলখি। মীলদা চেং তকপা থিংউ, মপান্দা চেং থাবা থিংউ হায়বসিনা মক ওইনা লাউখি। তাঞ্জা অসিদা দরবারগী প্রেসিদেন্ট মিষ্টর সার্প না লাক্কু-না, নিংথৌনা নবদ্বিপতা লৈখিবনা নিংথৌগী হুকুম য়াওদনা চেং থাবা থিংবা ভমদে; টেলিগ্রাম তৌগে হায়ররে।

নুপী লান অসিদা মকোক চিংখিবী নুপীশিংদি

তোংগো দেবী, শবী দেবী, চাউবীতোন দেবী, লৈপাক্লে, খোংনাং অসিনচিংবী অসিনি। নুপী লুচিংবীশিংগী প্রেসিদেন্ট সার্পকী টেলিগ্রাফ অফিস্তা নবদ্বিপ্তা লৈখিবা মহারাজ চূড়াচান্দদা টেলিগ্রাফ তৌখিনবা লাকলে। টেলিগ্রাফ অফিসকী অকোইবদা নুপী লিশিং লিশিংনা ঘেরাও তৌদুনা কোইশিনখ্রে। অসুমনা অয়ুক পুং ২ দগী কোইশিনবনা নুংথিল পুং ১ য়ৌনা কায়নদনা

নুপী ময়াম টেলিগ্রাফকী মরোল্দ ঙাংনরিঙৈদা, খংহৌদনা আসাম রাইফলসকী সিফাইনা ময়াম তানখায়বা লাকখী। মতাং অসিদা ইরাবতকা লোইননা থবক তৌমিন্নরকপা, শ্রীলাইশ্রম কনহাইনা, ইমা-ইবেলশিংবু আন্দোলন অহু চখনবা এদ্রেস তৌখি। মীয়ামনা চেং থাবা থিংউ হায়বগী খোল্লাও তত্তনা লাওরি। সিফাই খরন ঙমদবনা অমুক্তা নোংমৈ পায়বা সিফাই হেন্না থোমজিল্লক্লে। মফম অদুদা তিল্লিবা মীয়ামবু থুদক্তা থাদোক্নবা হুকুম তৌরে। তৌইগুম্বস্লুং নোংমৈগী মমাংদা নুপী মীয়াম অহনবা লৈতনা তকশিনখি। ঙহাক লৈরগা সিফাইশিংনা খুৎলাই পাইদবা নুপী মীয়ামদা লান তাবা হৌরে। লাঠি চার্জ তৌরে, নোংমৈ গুণ্ডানা কনখরে, বেয়নেট চার্জ তৌরে, হায়বদি সঙ্গিন্না থিন্দুনা মীয়াম তকথোক্লকপা হৌরে। নুপী ২০ লোম শোক্লে; ৬ অমদি শাথিনা শোকখি। নুপী মীয়ামবু অম্বন্না বৃটিশকী তনথিরবা অত্যাচারগা লোইননা তকথোক্নবা হোৎনরবস্মু নুপীশিংনা হন্দ্রে। টেলিগ্রাফ অফিসতগী অমুক্তা মিল লৈবা কয়াদা নুপী মীয়ামনা প্রোসেসন ওইনা চৎতুনা চেংগী মিল থুগাইরে মনিপুরগী নুপী পুন্নমক লমজাওদা থোক্লক্লে। অন্দোলন অমা তৌবদা খরনা চেনখীবা খরনা হেন্না মাংদা চংশিনবা হায়বা অসি ইতিহাসতা থোকখিবা ঙাকুনি। অসিরাই য়োৌরকপদা চিরবা তাঙ্গাসিদা ইরাবতনা মনিপুর থোক্লত্রিঙৈদা নিখিল মনিপুরী মহাসভা য়াওরম্বা মীওই চেনবা হৌরক্লে।'

মহা সভাদগী তোক্লকপা হৌরক্লে, মখোইগা মুপী থরগস্থ মায়রে। অমরোমদা ইরাবতকা থম্মোই শেংনা তিন্নবা, অকিবা লৈতনা চংবা মহা সভাগী কর্ম্মি, লাইশ্রম কনহাই, লোংজম বিজয়; লাইশ্রম কুঞ্জবীধু; তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী; লাইশ্রম রামসিং অসিনচিংবনা মুপী মীয়ামগা লোইননা অন্দোলন চথরি। অন্দোলন অসি লমজিংবিনবা ইরাবতপু টেলিগ্রাফ তৌদুনা কৌথোকক্লে। পুং ২°৩০ তাবদা কর্ম্মি অশেংবা কাংবুনা পুলিসলেগুদা পব্লিক মিটিং তৌদুনা টেলিগ্রাফ অফিসতা ইমা ইবেলশিংদা শাক্সা থিন্দুনা ঈ তাহনখীনবু নিন্দা তৌবগা লোয়ননা অনদোলন চংশিন্নবা ৱারেপ লৌরে। প্রজা সম্মেলনী কৌবা দল অমা শেমলে হায়না লাওথোক্লে। অম্মুন্না প্রজা সম্মেলনীনা আন্দোলন চখবা হৌরবা মতমদা ইরাবত টেলিগ্রাম ফংবগা কাছারদগী মনিপুরদা আন্দোলন লমজিংনবা থোরক্লে।

মহাসভা শিথরকপা প্রজা, সম্মেলনা শেমলকপা — ইরাবত থোক্লকপগা মনিপুরগী মুপী মীয়াম নৌনা ময়োল চোংবগুম থোকক্লে। খুদক্তা মহাসভাগী ৱার্কিং কমিটিগী মিটিং অমা দলগী প্রেসিডেন্ট শ্রীইরাবত সিংহনা কৌরে। মিটিংদা মত চাউনা খেন্নবা হৌরে। কাংবু অমদি আন্দোলন মথা তানা চথনিংঙ্রে। সরকারগী চৈফু কিবদগী নিংহন্নরে। মশাগী সুবিধা থিরক্লে। মহাসভাদগী খিজাইম তৌথিবস্থ য়াওনরে। অম্মুন্না মহাসভা লিংথংপা ৱারে। মরম অদুনা ইরাবতনা অনিশুবা প্রজা সম্মেলনী মীটিংদা মশা য়াওরে। মীটিং অসিদা ইরাবতপু প্রেসিদেন্ট খল্লে। প্রজা সম্মেলনীনা,

মনিপুর মহিলা সম্মেলনী কোবা নুপীতা ওইবা সংস্থান অমসু শাগংলে। মনিপুরদা নৈরপ্বা নিল ১৮ আন্দোলন অসিদগী কক-থংলে। মপান্দা চেং ফো থারপ্বা থিংলে। প্রজা মীয়ামনা জয় ওইরে।

অদুবু মনিপুর সরকারনা তুমিন্না লৈথোকখ্রি। ইম্ফাল সহরগী অকোয়বদা মী ৫ শুনা তিনবা য়াদবগী হুকুম আই: পি: ধারা ৪৪ চলাইখ্রে। তৌইগুম্বসুং আইন অসি চলাইদুনসু নুপী মীয়াম তিনবা, পুনবা তোকখ্রে ধারা ১৪৪ থুগাইরে। পুলিস লেন্দ বাজার মনাক হয়িং খোংবালদা মীয়ামগা পুলিসকা উতুপকা নোংমৈগা থেংগাই-নরে।

ইরাবতনা আইন অমান্য হৌথরে – আন্দোলন অসি ইম্ফাল সহরদগী পাকনা চাউনা খুঙ্গং কয়াদা শন্দে কথরে। প্রজা সম্মেলনী কৃষক সভা পুন্না থবক পাংথোকপা মন্নরক্লে [illegible] নুপী মীয়ামনা হৌ-রকপ অসিদা ইরাবতন [illegible] অমান্য আন্দোলন হৌরে। মফম কয়াদা পব্লিক মীটিং [illegible]। প্রজা [illegible] সরকার তাক্কনা তেরা হেক্লোক্লে, উ য়া দুনা খুম শা[illegible] [illegible]। চৌংদগী মাশুল পিদনা শিঙ য়ানবা [illegible] [illegible] পিদ্রে। পাং তুরেল প্রজা মীয়াম হৌদুনা পাংশেল [illegible] [illegible] ঙা ফারগা চাথোক্লে। খেৱা লাম্নবা শেল [illegible] [illegible] [illegible]। থরো, লেম্ফু, থমচেৎ হেক্লে, পাংশেল পি[illegible] শিঙ যা[illegible] হয়িংখোই লোক্লগা নিংথৌ-দা কংখ্রে প্রজানা চাথোক্লে। পিয়ন আমিনগী চাকথাক তৌবিদ্রে।

তশেংবদি লৌমী মীয়ামনা আইন অমান্য আন্দোলন অসিদা চংশিনখিখা তুম্বদি ১৯৩৬ তা নম্বোলদা অহানবা মনিপুর কৃষক সম্মেলনী লিংখৎখিবা অতুদগীনি। আন্দোলন অসিদা কৃষক সম্মেলনীগী সেক্রেটরীগী ওক্রম ইবোমচা কবিরাজ, মাইমোম মধুমঙ্গল মোংজম সুবোলনচিংবা কম্মি কযানা থরাই য়াওনা অরেপ্পা লৈতনা নম্বোলনচিংবা জাগাদা নিংথৌগী অওং অনৈ কয়াগী ময়োক্তা চংশিল্লে।

মতম কুইনা চংনবী ওইনা লৈরমলবা আইন কয়া পোৎথাং বেগারি, পিয়ন চাকথাক দোলাই রেং, ধর্ম্মগী শেন্স্তেক থাইবনচিংবা কোকপ্লে। ইরাবতনা থুঙ্গং কোইরগা পব্লিক মীটিং কয়াদা রা ভাংতুনা আন্দোলন অসি লমজিংলি। শোক ১৯৪০ জানুয়ারীগী তাং ৭ পুলিস লম্পাক্তা প্রজা সম্মেলনীনা শিল লাংতুনা তৌবা পব্লিক মীটিং অমদা ইরাবতনা পীখিবা অশেংবা ভাষন ষ্টেট দরবারনা ইরাবতপু বিচার তৌবদা, মরাল পীবগী রাইদা য়াওবা ইংরাজী লোন্দগী হন্দোকপা ইরাবতনা ভাংখি। মনিপুরগী ইমা ইবেনশিংনা চেং খুজোক অমত্তং পীয়ু চরা হেল্লে হায়জক্রুবদা শঙ্গিন্না থিনবীরে। ঈ খুজোক খুজোক ওইনা পীবিরে। চাক্তীদমক মৈতৈ লুপীশিংগী ঈ তারে, টেলিগ্রাম অফিসকী থোংনোক নিংশিংবীয়ু, রুসিয়াদা অমসুং জাপান্দা প্রজা মীয়ামনা হৌতুনা চংশিনপ্লে। মখোয়গী থৌনা ঐখোয়দসু করিগী লৈরোই। জেলদা চংবদা ঐখোয়না কিরোইদবনি। অসুন্না ইরাবতনা শোক ১৯১৭ কী রুশিয়াগী বীপ্লবকী মরমদা ভাংবা হৌল্লবনি।

ইরাবতনা মতৌ অসুম্না আন্দোলন লেপ্তুনা চংশিল্লকপা অসিদা মনিপুর সরকারনা ইরাবতপু কারগা ষ্টেট দরবারদা বিচার তৌথি। শোক ১৯৪০ গী মার্চ তাং ২১ দা ইরাবতকী মথক্তা বিচার তৌরগা, ভারত বণ্ড বিধি আইন ১২১ (ক) গী মতুং ইন্না চহী অহুমগী জেল পিপ্রে। ইরাবততা নক্তনা শবি দেবী, তোংগো দেবী, লৈবাকলৈনচিংবা নুপী লানগী লূচিংবী কয়া থা ৬, ৯,গীদমক জেল পিপ্রে। ওসিন্থ থোনা ফবী নুপীশিং অদু হিংহুনা লৈবা য়াওরি শবি দেবী মতুগী মনুংদা অথোইবীনি মতৌ অসুম্না মনিপুরগী রাজনৈতিকী তাংকক অচৌবা অওনবা অমগী দায়ীত্ব পুম্নমক ইরাবতপু জেলদা মতম শাংনা থমজিল্লগা, ইরাং নমথনবা হোৎনখি। পেন্দ্রবা ইমা ইবেমশিংনা প্রতিবাদ ওইনা চহী ১ পুম্না খ্বাইরবন্দ বাজার কাদনা মুথৎতুনা থমখি।

## মনিপুর জেল মনুংদা জেল রিফোর্ম আন্দোলন

ইরাবতনা মনিপুর জেলদা চংখিবা মতমদা জেল মনুংদা লৈরম্বা অবস্থা অদু য়াম্না ফংলমদে। বণ্ডিশিংবু যণগী মতুং শিন্দুনা থাউগী কোলু শুমহল্লম্মী। পুথম তেজোং য়াওদনা চাক পীজরম্মী। মীনা চাবা য়াবা চিঙাক পীজরমদে। ফিরোল মতিক চানা পিরমদে উপাক মথক্তা হিপহল্লম্মী। মতৌ অসুম্না শা যণগুম্না মীবু, জেলনি হায়বগী নামাদা থম্বা অসিদা ইরাবতনা মথৱাই য়াম্না নুংঙাইরমদে। লৈরমলিবা বন্দিশিংনা মঙোন্দা ৱাকংলম্মী। ইরাবতনা বন্দিশিং অসিগী অপুনবা শাগৎনবা জেল মনুংদা আন্দোলন তৌরম্মী।

আন্দোলন অসিদগী জেল মনুংদা মীনা থাওগী কোলু শুমহন্বা তোকখিরম্মী। চিঙ্গাকম্বু খর ফগৎনা চাবা ফংখি। অম্মুম্না ইরাবত্ত চংলকপদগী জেলদা বণ্ডিশিংগী অবস্থা ফগংখিরম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা ইরাবতপু মনিপুর জেলদা মাগী অৱাংপা মীয়াং অহু চুপনা থম্বা পামলমদে। ইরাবতপু শিলেট জেলদা ট্রান্সফর তৌখিরম্মী।

## ভারত কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর অমা ওইরকপা

শোক ১৯৩৯/৪০ অসিরাইদা ভারত নিংতমবগী অন্দোলন কমশিল্লকপা, ইউরোপতা নাজী জর্মন্না হিটলরগী মখাদা, পৃথিবী য়োংলগে মতাগুম থৌরাং কনশিল্লকপা জপান্নসু ফেসিজম মখাদা তকশিল্লকপা মতমনি। ভারতগী বৃটিশ তাম্মোক্লবা অন্দোলন কনশিল্লকপা অসিদগী ভারত পুম্নমক্কা রাজনৈতিক দল কয়াগী নেতা, কর্মি ফাজিন্দুনা জেলদা থম্লম্মী। শিলেট জেল মনুংদা কংগ্রেস অমসুং কমিউনিষ্ট নেতা কয়া হাল্লি লৈরম্মে। ইরাবতনা শিলেট জেল মনুংদা রাজনৈতিক বণ্ডি কয়াগা খংনখি। মখোয়না পারম্বা লাইরিক লাইশু কয়া পাবা হৌখি। ইরাবতনা মনিপুরদা থেংনরক্লিবা লৌমীশিন্মী কাংলুপকী অন্দোলন অদুগা মার্ক্সিজমদা পীবিবা "মীনা মীবু ওৎ-নৈবা" ফোক্লবা ইরিবা, বৃটিশ ইম্পিরিয়েলিষ্টকী মখাদা লোইলম প্রথাগী অওৎ অনৈ, নিংথৌ পানবগী সমাজ ফিউদেলিজমগী মখাদা মনিপুর প্রজাবু ওৎপগী মায়োক্কা মহাক্কা থেংনখিবা লড়াই, কাংলুপ নাইবা সমাজ মাংখিনবা লড়াইগী ৱা, নারবা মীনা ফগংলক্লবা হিদাক দরকার ওইবগুম, সোসিয়েলিজম্না অওৎ-অনৈ পুম্নমক অসে

কোক্কদবনি হায়বা মাক্সিজম নৈনবদা য়াওরম্লে। ইরাবত মশা অসি কমিউনিষ্ট মশক খংদনা কমিউনিষ্ট অমা ওইরম্লে হায়না মশানা চপ চানা খংবা হৌথি অমসুং খিন্দনা আসাম প্রদেশ কাউন্সিল সিঃ পিঃ আইঃ দা কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর অমা ওইনবা দরখাস্ত থাদুনা সিঃ পিঃ আইঃ গী মেম্বর ওইখি।

ইরাবতপু মরৈবাক মনিপুরদা চংহন্দবা

শোক ১৯৪২/৪৩ অসি অনিশুবা লম্লাংগী কন্না চংশিল্লকপা মতমনি। ভারতসুম ভারত থাদোক্কুনা বৃটিশ চংখিনবগী অকনবা অন্দোলন মতমনি। বৃটিশ সম্রাজ্যবাদীবু তান্থোক্নবা তৌবা অন্দোলনগা মরী লৈননা মী পুম্নমক ফাদুনা তমথিরবা জেল কয়াদা নমশিল্লি। মমিপুরদসু লাংথবালনচিংবদা কোম তৌরগা লৈখোম মরক্তা চংহনবা, অহিং চুপ্পা কোম মনুংদা লৈহনবা মথল মথা অয়াম্বা অত্যাচার তৌরকপা মতমনি। মনিপুরী কয়াসু মদুদা নমশিনখি। ইরাবতকী চহি অহুমগী মীয়াং মপু ফারদুনা শোক ১৯৪৩ গী জানুয়ারীদা শিলেট জেলদগী থাদে ক্লকখী। অদুবদি ইরাবতকী রাজনৈতিক গুণ মহাও তাঞ্জবা, বৃটিশ সরকারনা অমাদি নিংথৌনা ইরাবতপু তাঞ্জা অসিদা মনিপুরদা চংহনখিদ্রে। মনিপুরদা পোকচবা মনিপুর প্রজাগী মথক্তা অওং-অনৈ তৌরম্বা কয়া কোকহনখ্রবা ইরাবত, মরৈবাক সেবা তৌবগী মনা ওইনা জেলদা চহি অহুম নমশিল্লবা ফাওবা পেন্দদুনা মরৈবাক মনিপুরদা চংবা যাদে হায়না হুকুম পিখ্রে। মরম অদুদা ইরাবত কাছারদা লৈবা তাখী। মহাক্না

কাছারদা হেদ ওফিস ওইরগা ত্রিপুরা অমদি আসামগী মফম কয়াদা চৎতুনা কৃষক সভা শাগৎখী। অম্মা আসামদা লৌমী সভা শা-গৎপদা মপুং ওইবা থবক কয়া পায়খি লোয়ননা আসাম কমিউনিষ্ট পার্টি শাগৎপগী থবকস্তু চংশিনখি। কাছারদা লৈনা লৈনা মনিপুরদা লৈহৌবা মাগী কর্ম্মি কয়াগা মরী থমতুনা লমজিং পীখি।

শোক ১৯৪৫ চংলকপদা মাগী মুপী ম্নাইবেম্মগী অপোকপী মমা লৈখিদবদগী সরকারদগী পার্মিসন লৌরগা শ্রাদ্ধ য়াওনবগীদমক মনিপুরদা থোক্লককখি। চহি তরুমগী মতুংদা ইরাবতনা মনিপুরদা থোক্লককপা অসি মসিনা অহাৱনি। মহাক কাছারদা অমুক হনখি। অদুবু মতুং অসিদদি ইরাবতকী মথক্তা মনিপুর চংবা য়াদবগী হুকুম অদু বৃটিশনা ভারত থাদোকলমদাই যৌরকপদা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদী শিথরকপগা লোয়ননা ইরাবত মনিপুরদা মরক মরক্তা থোক্লকবা পার্মিসন ফংখি। ইরাবত কাছারদা মতিক মগুণ চউরবা নেতা অমা ওইনা লৌনখ্রে। শোক ১৯৪৫ গী অসাম লেজিসলেটিভ এসেম্বলীগী ইলেক্সন্দা কমিউনিষ্ট পার্টিগী কেন্দিদেট অমা ওইনা কাছারগী প্রজানা থাগৎখ্রে। মহাক্তা কংগ্রেসকী কেন্দিদেটকা লান্না ভোনবদা অনিশুবা পোজিসন্দা তাখি। ভারতকী ৯ শুবা কৃষক সভাগী কনফরেন্স হৌজিক্কী বঙ্গলাদেশ অসি মতম অদুগী অপুনবা বেঙ্গলগী নেত্রকোনা কৌবা মফমদা দেলিগেট ওইনা য়াওখি। ইরাবত ভারত পুম্বগী কেন্দ্র কিষান কাউন্সিলর ওইনা খনখি। মহাক্তা মফম অদুদা ইহান হান্না মৈতৈ জগোই অমা লুচিংতুনা শাখি।

মহাক্ন লেংবা কৌমীগী ঈশৈ মশামক য়াওনা শকখি। অস্মুনা ইরাবত ভারত্তা অফাওবা নেতা অমা ওইখি।

## মনিপুরদা ইরাবত হন্নকপা–

শোক ১৯৪৬/৪৭ তা শোয়দনমক বৃটিশনা ভারত থাদোকপা তারক্লে। বৃটিশ মশানা শাংথবা য়াররোই থংক্লে মরমদি ১৯১৭ তা রুশিয়াদা ওক্টোবর বীপ্লব মায় পাকপ্রবা মতুংদগীদি পৃথিবীগী মফম খুদিংদা নেসনেল লিবরেসন ষ্ট্রগল ( জাতিগী নিংতম্বগী অন্দোলন ) য়াম্না য়াংনা চংশিনক্লে।

রুশিয়াগী বীপ্লবীনা মৈরা ওইনা চুখংক্লে। ভারত্তসু রুশিয়াগী বীপ্লবনা মতেং পীদবা নত্তে খ্বাইদগী শক্তি লৈরবা সম্রাজ্যবাদী অদু নিকথবরা মকমনি। ভারতকী মরৈবাকপু মনিং তমহনবা পাম্বা টেরোরিষ্ট কয়া বৃটিশনা তান্নরকপদগী মখোয়না আফগানিস্তান ফাও-ভুনা রুশিয়া য়োক্লে। মশামকনা বীপ্লবকী ফল অদু ফংবা হৌখরে। থরনা ভারত কমিউনিষ্ট পার্টি লিংবা হৌখরে। ভারতনা নিংতম্বগী মঙাল লাক্লিবা অসি ভারত্তা তৌখিবা টেরোরিষ্ট মুভমেণ্ট আইঃ এনঃ এঃ গী লালহৌ, বোম্বে নেভেল রাইওটিং (ঈশিং লাম্নী) লাল-নসু অয়াম্বা মতেং পাংখি। মরমদি বীপ্লব অমা লাক্নুনা নমহুনা ইনথোক্লকপগী মহুত্তা থর মরি ফগৎনা য়ানহুনা চৎখিবা পাম্লম্মী। মনিপুরদা কংগ্রেস পার্টিগী ওর্গেনাইজেসন শোক ১৯৪৬ ফাওবা শুক্লে লৈরমদে। কংগ্রেস পামজবা থর লৈরবসু, নিংথৌগী দন্দি কিবা, বৃটিশপু অমসুং জেল তাবা কিবদগী অয়াম্বনা চেম্নক্লে। মখোয় অদু

পেন্সিল হেক ফংদ্রিবা ফাওবা থবক তৌখি। অতুবু মীচেন কয়া অতুনা বৃটিশ চৎলমদাইদদি, কংগ্রেশ শেম্নবা থৌরাং তৌরক্লে। ইরাবতসু মনিপুরদা পুরা থোরক্লে। বৃটিশনা মাবু থিংবা ঙমদ্রে। ইরাবত মনিপুরদা হেক থোরকপগা মাগী তেকপ্রবা জন্মস্থানগী যুম-ফমদা খন্দোক্লুনা লৈরে। মনিপুরদা লৈবা হৌবদগী অমুক্তা পোত্থ'বা লৈতনা রাজনিতি তৌবা হৌরে। হৌজিক্তি ইরাবতকী নিতিগা চপ চান্নজরবা কমিউনিষ্ট পার্টি অতুগী মেম্বর অমা ওইরবে। মাগী মথক্তা তম্ফা থিনবগুম হান্নগী ইরাবত তগী কমিউনিষ্ট ইরাবত ওইগ্রে। ইরাবতনা মীয়ামগী সংস্থান প্রজা সঙ্ঘ অমসুং লৌমীগী সংস্থান, কিষান সভাদা কল্লা থবক তৌগ্রে মরমদি কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর য়ামদবনা পার্টিদি লিংবা ঙমদ্রি। কমিউনিষ্ট অমা ওইনা মীয়াম মরক্তা থবক তৌবদি হৌগ্রে।

## অনৌবা যুগ থবর ফোংবা

ইরাবতনা মনিপুরদা হেক থোক্লকপগা মশানা ইবা, মশানা ইডিটর ওইবা "অনৌবা যুগ" কৌবা মমিংমক অর্থ লৈজরবা থবর অমা চয়োলগী ওইনা সাইক্লোষ্টাইলদা ফোংলম্মী। মসিনা মীয়ামসু লাকদৌরিবা লম্বী তাক্লম্মী।

## শোক ১৯৪৭ ভারতনা নিংতম্বা অমদি মনিপুরদা কমিউনিষ্ট নহারোল

শোক ১৯৪৭ আগষ্ট তাং ১৫ দা বৃটিশনা ভারত থাদোকতুনা চৎপ্রে। ইরাবতপু মরাল শিক্লনা জেল পীরম্বা বৃটিশ সরকার, ইরাবতনা ঙমহৌরে। বৃটিশ মাইথিরে মযুমদা হনপ্রে। ইরাবতসু মনিং

তম্বা ভারতকী কমিউনিষ্ট অমা ওইরে। ইরাবতনা কমিউনিষ্ট ওই-তুনা লাকপা অসিগা, মতম অদুদা গৌহাটিনচিংবা মফমদা লাইরিক তমলুরগা হল্লকপা ছুটি থোক্লকপা ছাত্র নহারোল খরগা মনিপুরদা লৈবা ছাত্র খরগা শাকথং মাইশানগি। ইরাবতপু চংতুনা থিরগা খং-নক্লরিবা নহারোলশিং অসি কনা কনানো? মখোয় অদুদি মোইরাং-থেম মেঘচন্দ্র, নিংথৌজম বিনয় সিংহ, ঙাঙোম মহেন্দ্র, থোকচোম বীর সিংহ, লমাবম ইবোতোম্বী সিংহ অসিনচিংবা অসিনি। মখোয় অসিগী মরক্তা অযাম্বদি গৌহাটি কটন কলেজদা তমলিঙৌদা আসাম ছাত্র ফেদরেসন য়াওতুনা কমিউনিষ্ট পার্টিদা মি চল্লক্লবা অমসুং ৱার্কর ওইরক্লবা কাংবুনি। মখোয়না মনিপুর থোক্লক্লগা ছাত্র ফে-রেসন লিংখৎতুনা কমিউনিষ্ট নিতি শন্দোকখি, ইরাবতকী মতেং কমিউনিষ্ট নহারোল কয় অসিনা পাংবা তৌরে। মতৌমতা ঙাই-রম্বা কমিউনিষ্ট ইরাবত কমিউনিষ্ট নহারোল খরা ংরে। অদুগা মহাক্ হাল্লদগী হৌনা, নিখিল মনিপুরি মহাসভা লিংবদগী মথং মথং প্রজা সম্মেলনী, প্রজা সঙ্ঘ, কিষান সভা শাগৎমিন্নরকপা খরা মী-য়াই চল্লবা কাংবু, লোংজম বীজয়, তখেল্লম্বম থৌকুল, লাইশ্রম কনহাই, ক্ষেত্রিময়ুম ইবুংঙোহাইমা, ওক্রম ইবোমচা কবিরাজনচিংবা অহল-লমন কয় সু কমিউনিষ্ট ওইবা হৌরক্লে।

## কমিউনিষ্ট ওইখ্রবা ইরাবতপু কংগ্রেস য়াওনবা তকশিনবা

শোক ১৯৪৬ তা মনিপুরদা লৈবা সংস্থান পুন্নমক কৌরগা

এরিয়ান হোলদা জেনরেল মীটিং অমা তৌখি। নিংথৌনা চাউরি-ভৈদা, বৃটিশনা পাল্লিভৈদা রাজনৈতিক দল লিংবা কিবদগী চেনখিবা মীচেন ময়াম অহুনা পুনশিল্লগা, কংগ্রেস পার্টিনা ভারত সরকার পাইরকপদা মতু-মমাং খিংদোক্লবা কাংবু অহুনা শরৌ শিন্নরগা কৌ-বনি। ইরাবত অমস্তু মানা লমজিংবা সংস্থান প্রজা সঙ্ঘ, কিষান সভা, ছাত্র ফেদরেসনগী কর্ম্মি কয়াশু মীটিং অহুদা য়াওখি। মীটিং অহু হৌরকপদদি ইরাবতপু চৈবা অহুগা কম্যিউনিষ্ট নত্তে হায়না লাউথোকউ হায়বা রাকম য়াওরমলে। অবস্থা অসি ইরাবতনা প্রতিবাদ তৌখি। অমস্তু অয়ানবা মীটিংনি হায়না হোলদগী মাগী কর্ম্মি কয়াগা লোয়নননা মপাল থোবল্লে। ইরাবত চংল্লবা তুংদা লেমহৌরিবশিং অহুনা মনিপুরদা কংগ্রেস দল লিংবা হৌখি।

ইরাবতনা তাল্লম্বা দাবী পরেং শোক ১৯৪৬ তা মনিপুর কৃষক সভাগী অনিশুবা কনফারেন্স চাউনা নম্বোলদা ফমখি। কৃষক সভাদা য়ুম্ফম ওইরগা রাজনৈতিকী দাবী য়াওনা মথাগী রারেপ কয়া অসি তাখি। (ইরাবত মশানা প্রেসিদেন্ট ওইনা সহী তৌরম্বা কৃষক সভাগী অহুমশুবা কনফরেন্স অসিদা তাখিবা রারেপ বোইদগী লৌথোকপা)
১) পুর্ণ দায়ীত্ব সাসন লিংগদবনি। ২) সাবালক ভোটনা মীথল তৌগদবনি। ৩) খুঙ্গংদা গ্রাম পঞ্চায়েট লিংগদবনি। ৪) খুঙ্গং খুদিংদা স্কুল লিংগদবনি। ৫) ফ্রি কম্পলসরী প্রাইমারী ইদুকেসন ৬) খুঙ্গং খুদিংদা অনা লাইয়েংশং থম্বা, ৭) খুঙ্গংদা পোষ্ট অফিস থম্বা ৮) লৌমীশিংগী ঈথৈ লৌথোং শেম্বা ৯) লাঙ্গোল পাইবনা লৌগী

মপু ওইগদবনি ১০) লালগী ক্ষতিপুরন থুনা পীথোক্কদবনি ১১) লৌগী খাজনা লুপা ১২ দগী ৬ তা হস্নগদবনি ১২) থুঙংগী চীং, পাং, তুরেল নিলাম কক্কদবনি হায়না তকশিনবা হৌরম্মী। অমস্তুং হায়ৱিবা দাবীশিং অসিদা অন্দোলন চংথবা য়াবা কয়া চংথরম্মী।

## মনিপুর চীং অমসুং তমগী রাজনৈতিক দল অমদি সংস্থানশী ইউনাইটেদ ফ্রন্ট শেমগৎলকপা

ইরাবতন' মাগী চীং তম পুনগদবনি হায়বা ৱাজনিতিগী ক্ষিরেপ অতু কাইদনবা চীংমী লুচিংবা কয়াগা উনতুনা সোলুসন অমা পুরকতুনা মনিপুরগী চীং তম অমতা ওইন' লৈমিন্নবস্থ কন্না পুখৎপা হৌরম্মী। মরম অতুনা শোক ১৯৪৭ কী নবেম্বর তাং ৩০, নোংমাইজিং মুংমিংকী মুংখিল পুং ৫ তাবা মতমদা এমঃ ডিঃ ইউঃ হোলদা মনিপুরগী চীং অমসুং তমগী দল ৯ গী প্রতিনিধী অমস্তুং মেম্বরশিংগী অপুনবা মীটিং অমা ইরাবতকী প্রজা সজ্জনা কৌতুনা ক্ষমথি। সভা অসিদা মিষ্টর এমঃ কেঃ শিমরে তাংখুলোংগী চেয়ারমেন্না সভাপতি ওইবিখি। সভা অসিদা চীংগী, তাংখুলোং, কুকী নেসনেল এসেমবলী, কবুই এসোসিয়েসন, থুলমী ইউনিয়ন, মিজো ইউনিয়ন তমগী দল প্রজা সঙ্ঘ, মনিপুর কৃষক সভা, মৈতৈ মরুপ, নোংপোক অপুনবা মরুপকী প্রতিনিধী অমস্তু' মেম্বরশিং তিনখি। ইরাবতনা মনিপুর প্রজাগী পুর্ন দায়ীত্বশীল শাসনগী দাবী অমস্তুং চীং-তমগী ওইবা দাবী কয়া পুন্না চংমিন্নবা অমসুং মনিপুরগী মাংদা লাক্কদবা থুদোংথীবদগী ক্ষন্নবা ইউনাইটেদ ফ্রন্ট অমা শেম্নগী দাবী পুথংখি। কৃষক সভাগী

জেনরেল সেক্রেটরী ওক্রেম ইবোমচা কবিরাজ, লাইশ্রম কনহাই সঙ্ঘগী লীদর, মিষ্টর লুন্নেহ কুকী নেসনেল এসেমবলীগী সভাপতি, কবুই এসোসিয়েসনগী সভাপতি মিষ্টর কথংগাই অমস্তুং সভাপতি সিমরেনা ৱা ঙাংখি। সভানা পুং ৩ চুপনা খন্নরবা তুংদা মথাগী রিজোলুসনশিং অসি লৌপনখি।

১) ঙসিগী মনিপুরগী চৌংগী দল পুন্নমক্কী ১স্তু' তমগী লৈরিবা দল অয়াম্বগী প্রাতিনিধিগী সভানা দল পুন্নমক্না তাল্লিবা প্রজাগী অমত্তা ওইনা কান্নবা দাবী মান্নবা, প্রোগ্রাম তানবদ মপাঙ্গল কন্নবা চৌং তম অসিদা লৈরিবা দল পুন্নমক্কী অপুনবা ফ্রন্ট অমা শেম্বা অমস্তুং ফ্রন্ট অসি শেম্বদা মনিপুরগী দল পুন্নমক কৌনব সংগঠন কমিটিগী ( Organising Commitee ) অম শেমলে। মথাদা ইরিবা দল খুদিংগী প্রতিনিধিবু কমিতিগী মেম্বর থম্লে ।

১] মিঃ এমঃ কেঃ শিমরে—তাংখুলোং ২] মিঃ লুন্নেহ কুকী নেসনেল এসেম্বলী ৩] মিঃ কথংগাই—কবুই এসোসিয়েসন ৪] মিঃ ভেবা—খুলমৗ ইউনিয়ন ৫] মিঃ দেনা—মিজো ইউনিয়ন ৬] শ্রীযুক্ত ইবোমচা—মনিপুর কৃষক সভা ৭] এমঃ ইবুংঙোহল—নোংপোক অপুম্বা মরূপ ৮] ইরাবত—মনিপুর প্রজা সঙ্ঘ ৯] মিঃ সুলৈ মীয়া—য়াইরিপোক

ইরাবতপু কমিতিগী চিয়ারমেন, মিঃ এমঃ কেঃ শিমরেবু সেক্রেটরী হাপলে।

২) কোহিমাদা চৎতুনা নাগাগী অন্দোলন অহু থিজিননবা

ইরাবত অমসুং মিঃ লুন্নেহবু থাবা লেপনখি।

ৱারেপশিং অসিগী মতুংইন্না উন্নবা য়াবা মীওই অমসুং দল কয়া উন্নদুনা কোইনা চৎতুনা চী তমগী ইউনিটি কাইদনবগী ইরাবতকী থবক অদু মাই পাকখি।

মনিপুর ষ্টেট কনষ্টীটিউসন :— বৃটিশনা মনিপুর থাদোক্লুনা চৎখিবগা লোয়ননা মনিপুরদা দায়ীত্ব শীল শাসন পীনবা বৃটিশকী এজেন্ত মনিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিদেণ্ট মিষ্টর পিযারসন্না মনিপুরগী কনষ্টিটিউসন অমা শেমনবা থৌরাং তৌরকখি। মতুংগী-দমক্তা কনষ্টীটিউসন মেকিং বোদি অমা শানবা থৌরাং পাইথংলকখি। মনিপুর প্রজাগী থোল্লাওগী ওন্ন তৈনব মাইকৈরোমদা পিয়ারসন্না চংশিন্নকপা ওইখি। দেমোক্রেটীক ওইদে। মথম অদুনা ইরাবতনা মাগী পার্টি মনিপুর প্রজা সঙ্ঘ অমসুং মনিপুর কৃষক সভানা কনষ্টীটিউসন মেকিং বোদি অদুদা য়াওখিদে। বোই কোট তৌখি। মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসতি কনষ্টীটিউসন মেকিং বোদি অদুদা য়াওখি। অদুম ওইনমক মনিপুর কনষ্টীটিউসন এক্ট. ১৯৪৭ শেমখি। মহারাজ ওফ মনিপুর হায়বা অদু মহারাজ ইন ক উন্সিল হায়রগনি। এসেম্বলী মেম্বর ৫৩ না শাগনি। কনষ্টীতুয়েনসি থায়দোকতুনা ভোটনা খনগনি চীফ মিনিষ্টরদি, মহারাজনা [ভোটনা খনবা নত্তবা] অপাম্বা মীওই অমা নোমিনেট তৌদুনা হাপকনি। এসেম্বলীসি চহি ৩ গী টার্মনি। মিনিষ্টর ৬ অমদি এসেম্বলীনা

খনগনি। এসেম্বলীনা স্পিকর, ডিপুটি স্পিকর অমসুং কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টরগী ভাইস প্রেসিদেণ্ট খনগনি। প্রেসিদেণ্টতি চিফ মিনিষ্টরনা ওইগনি। কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টরসকী ষ্টেট সাসনগী দায়ীত্ব পুল্লনক মহারাজদা লৈগনি। ষ্টেটকী ওফিসিয়েল লোলদি মনিপুরী নত্রগা ইংলিসনা ওইরম্মী। মহারাজগী সিভিল লিষ্টতা লৈরিবা এপ্রোপিয়েসন একাউণ্টতি এসেম্বলীনা য়েংলুবা য়াদে। অতৈ অতোপ্পদি বিল ওইনা পুখৎতুনা খন্নবা য়াগনি। এসেম্বলীনা পাস তৌবা বিল অমা মহারাজনা য়ারগা আইন ওইনা চৎনগনি। য়াদবস্থ ভমই।

এসেম্বলী ইলেকসন অমসুং ইরাবত:- মনিপুর কনষ্টীটিউসন এক্ট ১৯৪৭ অসিগী মথাদা শোক ১৯৪৮ দা মনিপুরদা এসেম্বলী ইলেক্সন তৌখি। ইলেক্সন অসিদা মনিপুর কৃষক সভানা কেন্দিদেট ২৩ থাগৎতুনা ইলেক্সন য়াওখি। ইরাবত মশামক উৎলৌ কেন্দ্রদা লেপ্পুনা কংগ্রেসতগী ভোট য়াম্না হেন্দুনা কাখি। ইলেক্সন অতুদা মনিপুর কৃষক সভাগী সীম্বোলদি য়ুম ওইখি। এসেম্বলী অতুদা ইরাবত য়াওনা কৃষক সভাগী এম: এল: এ:, ৫ কাখি। মখোয়তুদি ১) ইরাবত (উৎলৌ) ২) তখেলম্বম খোকুল (পাঙ্গৈ) ৩) অয়েকপম অঙাহল (নম্বোল) ৪) মাইমোম মধুমঙ্গল (পুংদোমখম) ৫) খোকচোম শাংমো (ককচিং)।

দল দলগী ওইবা ফিরেপতি:- ১] মনিপুর ষ্টেট

কংগ্রেস — ১৪ ২] মনিপুর কৃষক সভা — ৫ ৩] সোসিয়েলিষ্ট পার্টি — ৩ ৪] হিল এরিয়াদগী — ১৮ ৫] ইন্দিপেন্দেন্ট {প্রজা শান্তি} — ১২ নোমিনেসন — ১ অপুনবা ৫৩

য়াম্না থুনা সোসিয়েলিষ্ট অমা দিফেক্ট তৌদুনা কংগ্রেস য়াওখি। অদুবু কংগ্রেসনা লুচিংদুনা সরকার শেমবা ঙম্নবগী শক্তি লৈত্রে। পার্টি অমত্তনা এবশোলুট মেজোরিটি ভাবা ঙমদ্রে। প্রজা শান্তিগী গভর্ণমেন্ত শেমদ্রে। অদুম ওইনমক মতম থর লৈরগা ইন্তরীম কাউন্সিলদি লৈত্রে, মুথংলে। কিয়ার টেকর সরকার লৈরে।

ইলেক্সন মতুংদা মনিপুরগী রাজনিতিগী ফিভম অসি হেন্না লুশিল্লকখি। গভর্ণমেন্ত ওফ ইন্দিয়াগী পোলিশিনা সর্দ্দার পেটেলনা ভারতকী নোংপোক চীদায়দা পুর্ব্বাচল প্রদেশ অমা শেমনবা রাকম তকশিল্লকপা অদু য়াম্না কনখৎলকখি। পুর্ব্বানচল অসিদা য়াওগদবা লমশিংদি মনিপুর, কাছার, লুশাই পাহাড় অমসুং ত্রিপুরা মরি অসিনা পুল্লগা শেমবগী থৌরাংনি। মনিপুর সোসিয়েলিষ্ট পার্টি অসিদা সপোর্ট তৌখি।

থুঙংগী লমদম্ব ইরাং কনখৎলকখি। মিষ্টর এঃ দাইহোনা লুচিংদুনা চীংমীগী অন্দোলন চংলকখি। দাইহোবু ফাদুনা কলি-কাতাগী জেল অমদা থমখি। শিবা অমসুং শোকপা য়াওখি। মনিপুরদা থোকলিবা ইরাং অমসুং রাজনিতিগী ফিভম য়েংশিনবা আসামগী গভর্ণর সার হায়দর আলি মনিপুরদা লাকখি। ইরাবতকী

রাজনিতি কুপ্পা য়েংশিনখি। নোংপোক চিদায়দা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্নবা হোৎনরকপসিদা ইরাবতন অঙকপ ফংনা মাইয়োক্লরকপদগী অচৌবা ইরাং থোকখি। মাগী প্রজা সঙ্ঘ, কৃষক সভাগী কর্ম্মি-শিংনা খুঙ্গংদা চংদুনা প্রজা মীয়াম মোবিলাইজ তৌদুনা মিটিং কয়া চখৎরকখি। মসিদা ইরাবতপু অনুক হেন্না কিরকখি। মনিপুরদা অশান্তি অমদি চীংগী ইরাংগী মকদি ইরাবতনি হায়না মরাল শিদুনা ফাখি। কৃষক সভা, প্রজা সঙ্ঘ, মহিলা সম্মিলনী, ছাত্র ফেদরে-সন্নচিংবা মরী লৈনবা দল অমদি ওর্গনাইশন পুন্নমক, পার্মিসন য়াঙ-দনা মীটিং তৌবা চুমনগী মিটিংদ নত্তনা সভা যাত্রা চৎপা, ভোলুন-টিয়ার ত্রেনিং তৌবনচিংবা অমত্তা য়ারোই হায়না সরকারনা থিং-জল্লম্মী। ইলেক্সন মতুংগী মনিপুর কাংথোং চায়বা লৈবাক অমা ওইরকখি।

আগষ্ট তাং ২৩/১৯৪৮

## মানপুরদা কামউনিস্ট পার্টি

ইরাবত শিলেং জেলদগী কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইরকখি-বনি। ১৯৪৮ দা মাবু সরকারনা মাংহন্নবা হোৎনরক্লবা মনিপুরদগী রাজনিতিদা ফিভম ফরবা তাঞ্জা অসিদা মনিপুরদা কমিউনিষ্ট পার্টি লিংখৎখি। শোক অসিমক্তুদা হোজায়দা ইরাবতনা বোকুলগা লোয়নননা কিষান কনফরেন্স অমা য়াওবা চৎলি। মানা শোক ১৯৪৮ গী আসাম প্রদেশকী কমিউনিষ্ট পার্টিগী ২শুবা কনফরেন্স য়াওখি।

শোক ১৯৪৮ দা কলকটাদা ফমখিবা ভারত কমিউনিষ্ট পার্টিগী অনিশুবা কংগ্রেসতা আসামগী দেলিগেৎ অমা ওইনা য়াওখি। শোক ১৯৪৮ আগষ্ট তাং ২৩ দা হোদাম লৈরক তখেল্লম্বম ইবোতোম্বীগী য়ুমদা জেনেরেল বোদি মীটিং অমা ফমলগা ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গেনাইজিং কমিটিগী থাক্তা মনিপুর কমিউনিষ্ট পার্টি লিংখৎখি। মিটিং অদুদা কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ২২ তিনখি। কমরেদ ইরাবতনা সভাপতী ওইখি। পার্টি লিংখৎপা মুমিৎতা ক্রিটিসিজম থোইনা তৌনখিদে। চাওরাক্না হৌখিবা ইলেক্সন অমদি সত্যগ্রহগী মতমদা খরা শোইখি হায়র্বাসিদগী হেন্নখিদে। পার্টি অসি শাগৎপদা য়াংলেন শক্ত ওইখিবা মনিপুর কৃষক সভা অমদি ছাত্র, নহারোল, মহিলা সম্মেলনীনচিংবা সংস্থান পুম্নমক পার্টি অসিগী মাস ফ্রন্ট ওইনা ১দি পার্টিগী মীংদা থবক তৌবা হৌগৎপা পার্টিগী সেম শাবা হৌবা অমদি মাংদা তারদৌরিবা অবস্থা অসিগী ফীরেপ চপ চানা শেমনবা অকুপ্পা থৌরমনা মতুংগী মিটিংদা লেপনবা হায়না ৱারেপনখি। তখেল্লম্বম বোকুল সিংহবু সেক্রেটরি থনখি। বোকুল মনিপুর কমিউনিষ্ট পার্টিগী অহানবা সেক্রেটরীনি। মনিপুর কমিউনিষ্ট পার্টি অসি অহানবা লিংবদা ১] হিজম ইরাবত ২] তখেল্লম্বম বোকুল ৩] তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী ৪] লোংজম বিজয়, লাইশ্রম কনহাইনচিংবা অমিনা ওইখি। ছাত্র নহারোল মরক্তনা থোকচোম বোর সিংহ, মোইরাংথেম মেঘচন্দ্র, লমাবম ইবোতোম্বী, মোইরাংথেম ইবোহল, নিংথৌজম বিনয়, ঙাঙোম মহেন্দ্র, থোকচোম বীর অসিনচিংবা ইরাবতনা চেৎনা থাজরবা মরুপশিংগা থবক তৌমিন্নরকখি।

সেপ্তেম্বর তাং ২১ঃ ১৯৪৮

## কমিউনিস্ট পার্টিনা অন্দর গ্রাউন্দ চংবা

শোক ১৯৪৮ গী সেপ্তেম্বর ২১ দা ত্রিপুরা, কাছার, লুসাই হিলস, মনিপুরনচিংবা য়াওনা অপুনবা পুর্ব্বাচল প্রদেশ ( নোর্থ ইষ্টর্ন ফ্রোন্টিয়ার প্রোভিন্স) অমা শেম্নবগীদমক কংগ্রেস পার্টিগী থৌশিল মথাদা সরদার পাটেলনা থোরাং তৌহনা থবক ওইনা চংশিল্লকপগী ময়োক্তা অচৌবা প্রোতিবাদ সভা অমা কমরেড ইরাবত-না লুচিংজনা এম ডি ইউ হোলদা প্রজা সঙ্ঘ অমসুং কৃষক সভানা কৌখি। কমরেড ইরাবতনা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বগী মায়োক্তা কন্না লেপখি অমসুং মনিপুর অসি মশাগী ইতিহাস, কলচর, ট্রেদিসন নিংখিনা লৈজরকপা রাজা অমা ওইরকপনা অতৈ লমশিংদা তিন-শিন্দনা তোঙানবা ষ্টেট অমা ওইনা ভারতকী মনুংদা লৈহন্নবগী অপাম্বা ফোংখি। মতমহুদা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিনা মনিপুরবু আসামদা তিনশিন্নবগী অকনবা দাবী তৌখি। মতমহুগী হিল পিলস কনফ-রেন্স কোন্না কংগ্রেস ওইরকপা কংগ্রেসকী মীওইশিংনা য়াম্না হরাও-না পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বাসিদা শৌগৎখি। মতাং অসিদা প্রিয়ব্রতগী ইন্টরিম সরকারনা মিটিং প্রোসেসন্নচিংবা তৌবা পুম্বা পামিসন য়াও-দনা তৌবা য়াহল্লমদে। সেপ্তেম্বর ২১ গী এম ডি ইউ হোলগী মিটিংগীদমক কমরেড ইরাবতনা দরকার লৈবা পার্মিট লৌখি অমসুং মিটিং অসি মপুং ফানা পাংথোক্লবা শেম শাখি।

মুমিং অতুগী অচৌবা মিটিং অদু য়াওবা মনিপুরগী মায়কৈ খুদিংমক্কুগী হায়গৎনরকখি। অৱাং নোংপোক পুংদোংবম মায়কৈদগী মীয়াম হৌদুনা পুর্ব্বাচল শেন্বগী মায়োক্তা শ্লোগান কয়া লাউদুনা বেন্দ পার্টিগা লোয়ননা প্রোসেসন ওইনা লাকখি।

খুংলাই পাইবা সিফাইগা লোয়ননা পুলিস ফোর্স অমগা পুং-দোংবমদা মায়োক্লখি। পুলিসনা সভা যাত্রা লমজিংলকপা মীওই কয়া ফুবা হৌরকখি। প্রজা মীয়ামা. খুংলাই পাইবসু নত্তবা, লালহৌবসু নত্তবা প্রজাবু করিগী ফারি থাদোকউ, ফাবা য়ারোই হায়দুনা তকশিল্লকখি। মীয়ামগা পুলিসকা ওনশিন্নবা ইন্নবা অমা থোকখি। মতম অদুদা পুলিস ফোর্স অদুগী কমান্দ অদুনা মীয়ামগী মথক্তা ফ ইয়ারিংগী ওকুন. মতুং ইন্না কাপশিল্লক্লিবা নোংমৈ মরুনা শোই-খিদুনা ও সিগী মশাদা পান্দুনা তুরম্মী মতম অদুদা ইরাবত মশামক এম ডি ইউ হোলদা মিটিং তৌগদবগী থৌরাং তৌদুনা লৈরম্মী। কম্মিশিংনা পাউ তমলবদগী মুমিংতুগী মিটিং অদু য়ৈথোক্লে হায়না লাওথোক্লুরগা মহৈ মহৈ হন্নখ্রে। কম্মিশিংনা চেকশিন্নবা পাউতাক পীরমলগা মফমসিদা লৈবা য়াদ্রে হায়দুনা সাইকল তোংদুনা নম-বোলদা চংখি। মিটিংতুগী লুচিংলম্বা কনহাই, বোকুল, ইবোতোম্বী, বোরোনচিংবসু মশা চেকশিন্নখি।

খুদক্তা মহারাজকুমার প্রিয়ব্রতগী ইন্টরিম সরকারনা ইরাবতপু ফানবা ৱারেন্ট ইশু তৌরকতুনা ইরাবতকী য়ুমদা খুংলাই পাইবা সিফাইগা লোইননা পুলিস ফোর্স অমনা কোয়শিনখি। ইরাবততা

নত্তুনা কৃষক সভা, প্রজা সঙ্ঘগী কর্ম্মিশিং ফানবা ৱারেন্ট ইশু তৌখি। কর্ম্মি অয়াম্বা ইরাবতকা লোইননা অন্দর গ্রাউন্দ চংলে। থংহৌদনা থোকপা ঘটনা অসিদগী হেনফদত্তুনা লুচিংবা কমরেড মথৈ খৌরাং অমত্তা লৈতনা অন্দর গ্রাউন্দদা চংখিবদা মতম থরদি ঈ-পাও ফাওনখিদে। পুলিসকী অকনবা রিপ্রেসন লাক্লে। কৃষক সভাগী মেম্বর চাম চামনা খুজিং ওইত্তুনা ফাগৎলক্লে। ইরাবতপু ফাবা ঙম্বা মীদা মনা লুপা লিশিং তারা পীগনি লাউথোকখি। পৈশা পাম্বা মশাগী ওইজবা থিবা মনিপুর প্রজাগী য়েক্লবা মীওই খরনা ইরাবতপু থিবদা মতেং পাংখি, অত্তুবু ঙমখিদে। কৃষক সভা ফানবা লৌমীগী খুঙ্গং কয়াদা চংত্তুনা পুলিসনা মীয়াম ওৎপা হৌরক্লে। ফাগৎলগা মপা মচা যণ ৱাইনহনবা য়াদ্রগা ফুদংপা, ফৈগন্দা পৌ থারগা নাক-য়েং তোংত্তুনা নেৎপা, থবাক্তা খোংউপ বুটনা কাউবা নোংমৈ গুন্দানা শুবা, দম নাইনা খুল খুল চংত্তুনা তকথৎতুনা ওৎ নৈবা হৌরকখি। করি অমুক হায়গনি, অহিং মুংথিল খায়দনা মুপী অঙাংশিংবু চিংথোক্লুনা ওৎ-নৈবা হৌখি।

চৈরক অসিদা ইরাবত পোথাবা নত্তে। অন্দর গ্রাউন্দা লৈনা লৈনা লৈনা মনিপুরগী লৌমি খুঙ্গং থুংনা চৎলি, মীয়াম শাগৎলি। হন্দক্কী মাগী অন্দর গ্রাউন্দ থোংচত্তা মপুংদা কৃষক সভা শাগৎপগা লোয়ননা কমিউনিষ্ট সেল কমিটি অমমম থমনবা হোৎনবা অসিনি। কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর অত্তুম লৈরবদি খুল অমদা শেল অমা শাবা য়ারে। অন্দর গ্রাউন্দগী মতুংদা পার্টিগী চয়োলগী চেক্ফোং

'অনৌবা যুগ' অহুম্মক থোকই। সিক্লেট কয়া, পমপ্লেট কয়া, পোলিটিকেল ষ্টেটমেণ্ট কয়া প্রজা মীয়ামদা চাইথোকই, মাগী থবক শন্নকশিবা তৌদনা উবা ফংই।

পুংদোংবমগী ঘটনা অসিগী মতুংদগীদি কিষান সভা, প্রজা সঙ্ঘ, ছাত্র ফেদরেসনচিংবা সংস্থান পুম্নমক বে-আইনী ওইরে হায়না লাউথোক্লে। ইরাবতনা অন্দর গ্রাউন্দ চপ্রবা মতুংদগীদি কমিউনিষ্ট পার্টি অসিসু অন্দরগ্রাউনদা থবক তৌবা হৌব্রে। মরু ওইনা কন্মি অয়াম্বা, অনৌবা নহারোল কমিউনিষ্ট কয়া অন্দরগ্রাউন্দ চংব্রে। লৌমীগী জগা অয়াম্বা কমিউনিষ্ট পার্টি শাগৎব্রে। অন্দরগ্রাউন্দদা লৈনা লৈনা কমিউনিষ্ট পার্টিনা লৌমী মীয়ামগী অমদি প্রজা মীয়ামগী অন্দোলন পাযব্রে। কমিউনিষ্ট পার্টি অসিগী মপাঙ্গল কনখিবসু অন্দরগ্রাউন্দ পেরেদ অসিদনি।

## বর্ম্মাদা কমরেড ইরাবত

মতমহুদা মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রতনা লুচিংবা ইণ্টরিন সরকার অহুনা মনিপুরদা নৌনা শেমগৎলক্লিবা কম্যুনিষ্ট পার্টি অসিবু পোকত্রিডৈদা মেৎথাইনবা অকনবা থবক পায়খৎলকপগা লোয়ননা রিপ্রেসনগী কাহেনবা থবক চথহল্লকখি। কম্যুনিষ্ট পার্টিগী নহারোল লুচিংবা থোকচোম বড়, ভাঙোম মহেন্দ্র, নিংথৌজম বিনয়, মোইরাংথেম ইবোহল, খিংবাইজম নোংয়াই, থোকচোম বীর, লোংজম জ্ঞানেন্দ্র খিংবাইজম অজিতনচিংবা শোক ১৯৫০ গী মে, জুন জুলাইগী থাদা মথং মথং ফারকখি। খুদংগী লমদগীসু কম্যুনিষ্টকী

লুচিংবা নহারোল কয়াস্মু পাক্কনা ফাগংলকখি অমস্মুং তমথিরবা পুলিসকী অওৎ অনৈ চথরকখি। মতম অসিদা লৌমীগী জগা অয়াম্বদা কমিউনিষ্ট পার্টি শাগংগ্রে অমস্মুং অন্দরগ্রাউন্দদগী লৌমী মীয়ামগী অকনবা অন্দোলন পায়খৎলকখি। মনিপুরনা ভারত্তা তিনশিনবগী মমাং অমস্মুং মতুং অনিমক্ক কমিউনিষ্টপু নমথনবগী থবক্কি অরেপ্পা লৈতনা চথরকখি। কমরেড ইরাবতপু ফাননবা সরকারনা অস্মুক্কী মতিক কন্না হোৎনখি অত্তুবু অরেম্বা তাখি ১স্মুং সরকার অসিনা কমরেড ইরাবতপু চংনা নত্রগ শিনা পুরকপা ঙম্বা মীওইদা লুপা ১০,০০০ মনা পীগনি হায়না লাওথোকখি। অদুম ওইনমক, সরকারগী হোৎনবা পুম্বা অরেম্বা তাখি। মনিপুরগী লৌমী মীয়াম্না কমরেড ইরাবতপু য়েক্কবগী মথুক্তগী কনখি।

মতম অসিদা ভারত কমিউনিষ্ট পার্টিস্মু কলকতাদা শোক ১৯৪৮ গী ফেব্রুয়ারী থাদ। ফমখিবা অনিশুবা কংগ্রেসনা খুৎলায় পায়বা লালহোগী য়ারেপ লৌখিবা মতুং ইন্না তেলঙ্গনা, কাকদ্বীপ, ত্রিপুরা, ময়মনসিংনচিংবদা অকনবা খুৎলায় পায়বগী লালহো চংশিল্লকখি। মসিদা মনিপুরদস্মু ভারত পুম্বগী ওইবা খুৎলায় পায়বগী থোংজংসিদা য়াওরম্মী। ভারত কমিউনিষ্ট পার্টিগী অনিশুবা কংগ্রেসতা ফ্রেটর্নেল ডিলিগেট ওইনা শরুক য়ারম্বা বর্মা কমিউনিষ্ট পার্টিগী লিডর থাকিন থান টুন্না মথোয়গী পার্টিস্মু খুৎলায় পায়বা লালহো হৌরগনি হায়রম্বা মতুংইন্না যুমথংনবা বর্মাস্মু খুৎলায় পায়বগী বীপ্লব চথরকখি।

য়ুমথ'নব বর্মাদা খুংলায় পায়বা বীপ্লব চখরিবা বীপ্লব শক্তি-শিংগা মরু ওইনা থাকিন থান টুম্না লুচিংবা কমিউনিষ্ট পার্টি ওফ [হুয়াইট ফ্লগ] গা মরি লৈনহুনা মনিপুরদা খুংলায় পায়বগী বীপ্লব অসি যেপাক্ল পাংথোক্লব মতমতুগী ভারত কমিউনিষ্ট পার্টিগী মনিপুর ডিস্ত্রীক্ট অর্গেনাইজিং কমিটিনা কমঃ ইরাবতপু বর্মাদা থানবগী রায়েপসি শোক ১৯৫০ গী মে থাগী হৌরকপদা লৌখি অমসুং মসিদা ভারত কমিউনিষ্ট পার্টিগী সেন্ত্রেল কমিটিনা অয়াবা পীরকখি। রায়েপ অসিগী মতুংইন্না শোক ১৯৫০ গী মে থাগী হৌরকপদা কমরেড ইরাবতপু মপান্দগা মরি লৈননবগীদমক্তা বর্মাদা থাখি।

মনিপুরগা হেক থংনবা বর্মাগী মোলাইক দিস্ত্রিক্ট ফাওহুনা কমরেড ইরাবতনা মতমতুগী বর্মাগী খুংলায় পায়বা, লালহৌ তৌরিবা পিপলস কমরেড পার্টিগী [পি সি পি] অমর বর্মাগী ব্যুরো লুচিংবশিংগা উনবা ওমখি। মতমতুদা মোলাইক দিস্ত্রিক্ট অসিগী অয়াম্বা শরুক টামু ফাওবা পি সি পিনা কন্ত্রোল তৌরম্মী।

কমরেড ইরাবতনা বর্মাদা থুংলুবা মতমদা বর্মাদা অকনবা সিভিল রার চথরম্মা। মতমতুদা বর্মাগী উম্নু সরকারগী মথক্তা খুংলায় পায়বা লালহৌ চৎথরম্বা দলশিংদি থাকিন থান টুম্না লুচিংবা কমিউনিষ্ট পার্টি ওফ বর্মা, [সি পি বি], বর্মা কমিউনিষ্ট থাকিন সোনা লুচিংব বর্মা কমিউনিষ্ট পার্টি [বি সি পি], রেড ফ্লেগ কমিউনিষ্ট পার্টি হায়রগা থংনবা পিপলস কমরেড পার্টি [পি সি পি] অহুমসি ওইরম্মী। মসিগী মথক্তা কারেন, সান, মোন, অরাকানিজনচিংবা অতৈ খুংলায় পায়বা কাংলুপ কয়াম্নু লৈরম্মী। পুম্নমক

অসি উমু সরকারগা থেংনবগা লোয়ননা মখোয় মশেল পুম্বা হেক উনবা মফমদা কাপনরম্মী অসিগুম্বা শাথিরবা তাঙ্গাসিদা কমরেড ইরাবতনা বর্ম্মাদা থুংলখি।

কমরেড ইরাবতন পি সি পি গী ব্যুরো নং ১ দা থুংলবগা পি সি পি গী লুচিংবশিংদগী বর্ম্মাদা চংথরিবা খুৎলায় পায়বা লালহৌগী শক্তম অমু ময়েক শেংনা থংখি। মহাক্না মফম অসিদা পি সি পি গী লুচিংবশিংদা খুৎলায় পায়বা শক্তিশিংগী মরক্তা ইউনাইটেদ ফ্রন্টকী দরকার অমস্তুং য়েক্নবা উমু সরকারবু পুম্না থেংনমিন্নবগী দরকার অমু কুপ্পঃ খন্নতুনা লিদরশিংবু জ্ঞান তাহনবা ওমখি। কমরেড ইরাবতনা পিরম্ব, মমল য়ামলবা অপুনবা ইউনাইটেদ ফ্রন্ট ১গী সজেসন অমু পি সি পি না হরাওনা লৌখি অমস্তুং অতৈ খুৎলায় পায়বা দলশিংদা একটাগী রারী শাননবা খোংথাংদা চংশিন্নবা য়াখি।

কমরেড ইরাবতনা পিরম্বা অসিগুম্বা অপুনবা ফ্রন্ট অমগী রাফম অমস্তুং খুৎলায় পায়বা দলশিংগী একটাগী রারী শাননবগী রাফমসি সি পি পি গী ব্যুরো নং ১ গী সারকুলর নং 58/A3/51UB20/6/51 দা ময়েক শেংনা পার্টিগী ইউনিট খুদিং শিনবা থুংনা সারকুলর তৌতুনা খন্ন-নৈনহনখি। মসিমক্না খুৎলায় পাইবা লালহৌ তৌরিবা দলশিংগী মরক্তা অপুনবা একটা পুরিকনবগী অচৌবা লম্বী শেমখি। অসিগুম্বা একটা পুররুবগী পার্টি অমুমগী অপুনবা কনফরেন্স অসি মোংয়া ডিষ্ট্রিক্তা কমরেড ইরাবতনা

লৈখিদ্রবা মতুং শোক ১৯৫২ গী জুন থাদগী সেপ্টেম্বর থা ফাওবা ফমহুনা খবক ওইনা পাংথোকখি অমসুং মপুং ফাবা একটাহু পুরকপা ঙমখি।

পি সি পি গী লুচিংবশিংগা উনহুনা খন্ন-নৈনরবা মতুংদা কমরেড ইরাবতনা মহাক্কী অপান্বসু ময়েক শেংনা থমখি। বর্ম্মাগা মনিপুরগা তাইনবা পি সি পি গী মথুক্তা লৈরিবা কবো ভেলিগী লমদা মনিপুর কমিউনিষ্ট পার্টিগী বেজ অমা পিনবা অমসুং অতৈ দরকার লৈবা মতেংশিং ফংহন্নবগী প্রস্তাব অহু হরাওনা য়ারকখি।

মতুংদা কমরেড ইরাবতপু পি সি পি গী এরিয়াশিংদা পুহুনা য়েংহল্লবা মতুংদা সি পি বি গী এরিয়া তাম্না থিনখি। সি পি বি গী এরিযাদা য়ৌরবা মতুংদা কমরেড ইরাবতনা দল অনিগী লুচিংবশিংগা উনহুনা পি সি পি গা শান্নরকপা রারোল অহুগা মনিপুরদা চৎথরিবা খুৎলায় পায়বগী খোংজং অমসুং নাকল অনিনা পিনবা য়াবা মতেংনচিংবগী মতাংদা কুপনা খন্ন-নৈনখি অমসুং সি পি বি গী লিবরেটেদ এরিয়াশিংদা — থা কয়া পাক চাওনা কোয়রুরবা মতুংদা পি সি পি গী এরিয়াদা অমুক হল্লক্তুনা অপর বর্ম্মাগী ব্যুরো নং ১ গী হেড কাটরদা মে থাদা অমুক থুংলখি।

তাঞ্জা আসিদা বর্ম্মা সরকারগী উন্নুগী লাম্মীনা এয়ারফোর্স য়াওনা পি সি পি গী ব্যুরো নং ১ গী হেদ কাটরদা অকনবা লান্দারকখি। অসিগুম্বা য়েক্রবগী অকনবা থক-খা ওনবা ওফেন্সিভ অসিদগী নাম্থোক্রবা কমরেড ইরাবতপু সিমানাগী মায়কৈরোমদা মোলাইক দিষ্ট্রিক্ট পার্টিদা শিন্নরকখি অমসুং মফম অসিদা মতম

খরা পোংথাতুনা লৈরবা মতুংদা কমরেড ইরাবতনা সিমানাগী লমদং অকনবা পাটিগী সংগঠন শাগৎনবা অতুগা লোয়ননা মনিপুরদা হন্দুনা থম্নরকপা পুম্বা পাও তম্নবা মনিপুরদা থোরক্লবা লেপথি।

কমরেড ইরাবতকী অরোইবা য়াহিপ— শোক ১৯৫১ গী সেপ্তেম্বর থাহৌরকপদা ইরাবতনা পি সি পি গী মোলাইক ডিস-ত্রিক্টতগী মনিপুরয়োমদা থোরকখি অমস্নুং বর্মাগী অঙ্গো চীংগী চীং-খোংদা লৈবা খামত্রাং তাবা কবো খুল অনি তাংবো-সেদোদা সেপ-তেমবরগী ২০ অতুরাইদা থুংলবগা তাইফোদনা নারকখি। সিমা-নাগী লম্বী-থোং মথোং চাদ্রবা লমসিদা নুমিৎ ৫/৬ নি লাইকম্নরম্নগা থংহৌদনা কমরেড ইরাবত মহাক্না পাংথোক্লুবা খোংচৎ অতুগী পাও-দম মরৈবাক্তা লাক্তুনা তমলবা নংত্রৈভেদা নোঙ্গাখি। অস্নুম্না শোক ১৯৪৮ সেপ্তেম্বর ২১ দা এমঃ কেঃ প্রিয়ব্রতনা লুচিংবা ইণ্টরিম সর-কারগী মথাদা নমতুনা অন্দর গ্রাউন্দ চংহনখিবা কমরেড ইরাবত মহাক্কী অনিংবা পাংথোক্লমদনা তাংবো খুন্দা শোক ১৯৫১ গী সেপ-তেমবর ২৬ তা পুন্সি লোমখি। পি সি পি গী গেরিলা কম্পানী অমনা ইকাই খুম্নবা উৎপগী নোংমৈ কাপতুনা কৈরেন কৈজাওদা হাপতুনা সংস্কারগী থৌরম চাওনা পাংথোকখি।

অঙ্গো চীংগী রাংমদা
তাংবো খুনগী খুন্দোন্দা
য়ুংলি নিংশিং মুংপাক অমা
মন্থদা ইরি ময়েক লানা—

**Comrade I. Singh**
**Died on 26th September 1951.**